সনামহি লাইনিংকোম্না কোংবা

# সনামহি লাইনিং থোনিরোল



অইবা :—

ইরেংবম নবীন মৈতৈ

( নোংথোঙলোন লুবা )

# য়াওকম তাক্পা





# থাগৎচবা

'সমানহি লাইনিং থৌনিরোল' কৌবা লাইরিক মচা অসি পুকচেল চাউরবা ইরেংবম নবীন মৈতৈ ( নোংখোংলোন স্নুবা ) না পুয়া কয়া নৈনবিরগা ইবিন্থুনা লুপসিনা ফোংদোকপা ঙমজবগীদমক অহল ইবুংঙোবু লুপসিনা সিংবা ঙম্মোইদবা লমন তোনসিনজরে ; অতল ইবুংঙোনা পুন্সি মুংসাংনা হকচাং ফনা লৈবিন্থুনা অতৈ লাই-রিক মথা চথবিরকবা তেংবানবা মপুদা হন্না হন্না পুনেমজরি ।

লাইরিক অসি ফোংনবগীদমক লুপসিদা সেনগী মতেং পীবি-রকপা মথাগী পুকচেন চাউরবা মীওইসিংস্নু তেংবানবা মপুনা মুংঙাই য়াইফবা পুন্সি মুংসাংনা পীবিসন্নু হায়নস্নু তেংবানবা মপুবু খুরুমজরি । মখোইশুদি — ১। অকোইজম ইবোমচা, ২। য়াঙ্গোইজম পীবা খা-ঙানবা, ৩। ইরেংবম লুখোই ৪। ঙাঙোম তোম্বা মঙাং, ৫। নোংমাইথেম সকনৌ ( স্যাম ) অঙোম্, ৬। চুংখাম অপান-বা ( রতন ) খুমন, ৭। খুন্দ্রাকপম উলেনবা ( কুঞ্জবীহারি ) মঙাং, ৮। থোকচোম অমু মোইরাং, ৯। লাই তোম্বা খুমন, ১০। সৌবাম ইরিখোম্বা লুয়াং, ১১। সৌবাম নোংমাইরেন লুয়াং, ১২। তোংব্রম য়াঙম্বা খা-ঙানবা অমস্নুং ১৩। মৈত্রম নোংপোকঙানবা ( উদয় ) লুয়াং। অস্নুমা ইরৈবাকচা ইবুংঙো ইবেম্মা কয়া অমস্নুং অঙম্বা সেলগী মতেং পীবিরকুনা ফোংবা ঙমজব্রবা মমল য়ায়বা লাইরিক কয়া পুথোকচবদা তেংবাং পীরকনি হায়না তেংবানবা মপুদা নিজরি।

অয়োইবদা গীতা প্রিন্তরসকী মেনেজর নিংথেমচা সনাতোম্বানা লোগী ওইজ-ওইথক কয়া থাদোক্লুনা লৈপাক্লীদমক্তা থনবীহুনা ঐখোয়না পিজবা সেল থরতনা য়াথিহুনা অরা-অনা থীবিদনা মতম থজিক্তদা লাইরিকসি নম্বীবগীদমক লুপ অসিনা লমন তোঞ্জরবনি।
তেংবানবা মপুনা ইবুংঙোবু হেন্না মাইপাকপা, নুংঙাই য়াইফবা, পুন্সি নুংসাংবা পীবিসনু হায়নস্নু মপু ইবুংঙোবু হন্না হন্না থুরুমজরি।

ইম্ফাল
পোইন্নু ৩০ নি পানবা
য়ুমসাকৈসা চহিংরাল
মলিয়া কুমসিং ৩৩৮৩
খৃঃ ৩১। ১২ ৮৬ ইং

সনামহি লাইনিংকোন
ইম্ফাল সংলেন
কাকৈথেল

# অইবগী য়াহৈ থরদং

ঐগী "লাইয়িংখৌ সনামহি লাইনিং থৌনিরোল" কৌবা লাইরিক মচা অসি ফোংদোকচনবদি খুঙ্গী মীপুম খুদিংমক্না নুংসিবীদুনা অময়মতং লৌবিদুনা মিংয়েং তাহিনবা অমদি লাইয়িংথৌগী অহকপা মতিক ময়াই, থৌনিরোল কাংলোনবু মায়াম হুপ্পা থংনিন্নবা ইজবনি। লাইরিক মচা অসি খ্বাইগী মফম, থাক্লবা থরদং ফংলবদি ইজরুবগী মহৈ য়াল্লে অমসুং খ্বাইগী লমদা তাল্লে হাইনা লৌজগনি। লাইননা খ্বাইগী লমনদা মতুংদা শিংথা চংখিগনি থাজবৈ। ঐহাক অসি অতাং ওইরিবৈদগী হৌনা অচুম্বা হাইবদু পামজরকই। অদুবু অচুম্বা হাইবদুদি চপচানা চংপা ইতম তমদে। খন্ন-খন্না লৈরবদা নোং-চুপলোমদগী নাওরিয়া অহলগী পাউতাক, মনাজিং য়ারোল তাজরুবদগী পুক্লিং অসি হরাওবা, তুজুংবা পোকই। অদুদগী হৌনা ঐহাকী ইপানা থম্বীরম্বা মেতৈ মহেক্না ইবা লাইরিক সুবীগা খুৎলৌ; য়ুমদাবা পুয়ানচিংবা খরা থরাই য়াওনা পাবা হৌজৈ। ইপানা থম্বীরম্বা খরা অদুনা পুক্লিং পেনবা তমদুনা লমদমসিগী ইনাৎ-লিকচৎকী মরমদা মমুৎ তানা খংনিংবগী অমসুং পামজরুবগী লৌচিং অমনা ইরৈপাক অসিদা লৈরম্বা লাইরিক কয়া অখণ্ড-অহৈ লাই ওইখ্রবা; হৌজিক লৈরিবা পুম্নমক্তা চংজদুনা থিজিন হনজিনজৈ। লৈরম্বা পুয়া কয়া সিনজৈ। ঐনা লোনদিংনা তমজহৌবা ওজাদি খুমন য়েক সলাইদা পোকখিবা ইপাসকলবা পুয়াম মুহাম্মনি।

ঐহাক্না লাইরিক কয়ামুক পাজবদা লাইনিং লম্বী হাইবা অসিগী অহৌকপা লৌকচৎ কয়ামুক ফংজে। হয়ি চক্ত নিংথৌ কাংবগী মতুং নিংথৌরোল ৫৭ সুবদা লাম্বীচানা নিংথৌ ওই। মাগী হাকতক্তা লাঙ্গোল লাইফম শেম্মী। নোংপোক নিংথৌ চীংউ পাঙ্গলববু য়াম্না নিংজে। নোংপোক নিংথৌনা পেল্লহুনা মপোক ৫ রক নিংথৌ ওইয়ু; মগুারক শুবদা লৈবাক অসিগী অচা-অথক পুম্নমক থাবা হৌ, নমিংনা মপুখিবা হায়না কৌও। মুরাপলী লৈবাক্তা পোকও হাইবীরম্মা। হয়িচক্তা পানবা নিংথৌরোল ৯০ তমক মফংজে। অসিদা ওইরমলোই হাইনা থাজজে।

কোনচক্তা লুরাং নিংথৌ পুন্সিবনা লাঙ্গোলদা চৎতুনা লাই নিংখি। অরানবা খুবম ফংজখি। মফম অদুবু পুন্সিলোক হাইনা লৈরি। অরানবা খুবম ফংবা হাইবসি মাগীদদি 'মুক্তিকা' হাইবহুনি। ঐখোয়গীদা হাইরগা সিরবদা মশা থনমদবা অহুবুনি। অরানবা খুবম ফংখিবা অসি মৈতৈ লৈবাক্তা নিংথৌ মাইচৌ য়ামগ্রে। নিংথৌদা - ১। লুরাং নিংথৌ পুন্সিবা, ২। মোংয়াংবা, ৩। খাগেম্বা, ৪। নাউথিংখোং, ৫। খুমন নিংথৌ, ৬। খুমন নিংথৌ আতোল লিকলা সাফাবা অসিনচিংবনি। মাইচৌগীদা-- ১। লৌরেম্বা খোংনাংথাবা, ২। সমুরৌ চিগোং, ৩। ব্রাঙু পাচি, ৪। মোইরাং ললহানবা, ৫। লাঙ্গোল লুখোই, ৬। খোঙবা হিমাইবা, ৭। কবুই তোম্বা অসিনচিংবা ময়াম অমনি। ঐহাক্না খল্লি অরানবা খুবম ফংবা হাইবসি করি লাই নিংলগা, করি থৌরম তৌরগা ফংগদগে হাইনা। হৌখিবা ওঝাশিংদা হংজখদনু

খক খংই হাইদে। ঐ মসক খণ্ডব হায়বত্তুদি খরা লৈরম্মী। থেংনু থেংনজে। ঐ মসক খণ্ডবা হায়বসি মীরোন্দ হায়রগা ব্রহ্ম মসক খণ্ডবা অত্তুগা ঐখোয়গীদা হায়রগা ঐদি চহি ৩ দা ঙাইরে। থা অত্তুক, মুমিৎ অত্তুক্তা ঙাইরে হায়বা খণ্ডবা। মঙাং, লুরাং, খুমন মতম অত্তুগ্ থাগোম্নত্তুনা লোম্বনবা ওম্বা. মসাদা অনা-অয়েক নংদনা. অরোইবা মতম অত্তু ফাওবা পাঙ্গল-লৌসিং মাংদনা মপূগী নাক য়ৌথিব অত্তুবুনি হায়না অহলসিংনা তাকপী। ঐগী ইহাকথক্তা অসিগুম্বা মী ৩-৪ থেংনজে। অকোনবা ওইনা কাঙাবুংদা চিংঙা-খম চাওবা ইনিংথৌ চুরাচান্দ হাকতক্তা কোমুংগী মাইচৌ ওইরম্বা অহলত্তুনু মওংসিদা তাইবঙ থাদোকখি।

ঐহাক্না থোইনা পামজনা থিজিনজবদি অরান খুভম ফংবা হায়বদি সিবগা ইসা মালেমদা থনমদবা অসিনি। পুন্না কয়া পাবদা থরমখৈদি থেংনজে। খুমনলোল পুয়াদা খুমন নিংথৌ আভোল লিক্লা সাফাবনা নিংলম্বা লাইনিং অসি অচুম্ব থিব ; অত্তুগা থমলাংবা রারী অচেৎপা ; ইরেংপুরারী অহকপবু য়াম্না থাজনা চৎখি। লাই-বুসু য়াম্না থাজখি। অত্তুগা লাইবু নিংবা অসি অচিকপা মফমদা মীগী খে শেল্লা ফংদবা মফমদা লৈত্তুনা ঐনা নিংগাদৌবা মপুবু নিংজবা অসিনসু মঙাং নিংথৌ নাওথিংখোং ; লুরাং নিংথৌ পুন্সিবনচিংবনা নিংলমলিবা লাইনিং লীকচৎ অমদি লাইফম কয়া থেংনজরুবা অসি-নি। অত্তুগা লাই ওইখ্রবা অহল-লমনসিংনা চৎখিবা লাইনীং-লীকচৎতি—অচুম্বা,থরায় য়েংকপা, কংথোকপা, অপাম্ব পুম্বা থাদোকপা হায়বা লাইনিং অসিনি। অসিগা লোয়ননা লৈপুং

য়ারী, ফুংগা য়াবী কম্বাদা "থিজিনব", "খাংবকনবা" অসিমস্থু লাইনীং লৌকচংকী অথোইবনি হায়মস্থু থংনৈ। ইপুনা, ইপানা হায়রম্মী - সেন্দাংনা লাইনিং কল্লগা উচুক হাইবা উচেক ওই। উচুক্না লাইনিং কল্লগা খাঙত্ৰংচাক ওই। খাঙত্ৰংচাক্না অমুক লাইনিং কল্লগা লোংইন ওইত্না থাগী মঙালদা তিনখি। কম্বব্ লোংনরবদি থুংদবা লৈতে। অচৌবা অবোইবা ওইনা ঐনা হায়জনিংবদি ঐখোয় পুন্না কন্না লোং মিন্নত্না নমথক্কবা ইরৈপাক চিংখংনবা; মমথরুববা থাউ দা থাউ হাপচিন্দুনা সিন্থি বাংখংনবা, চানখংনবা হোংনসি। মাংথিনব্ ফংনবা থিংন্নসি। ঐখোয়না ঐখোয়গী মপু ওইসি ইহাবথক্তা তমত্রবস্থু মীবোল খরগী মতুংদদি লোইদনা লাকখিগনি ঐখোয়না মতুগী লময নবনি হাযবা কাউরোইদবনি। হৌজিক্তা ঐখোয়না মাবুদি ঐনা হেল্লি; মাবুদি ঐনা খংই চুম্মী-লাল্লী হাযনা মুক্কবা; অচাওবম তান্নবা, গীবু সিচবা, মরৈ মেংনবা মতম নত্রে। মীপুম খদিং মীকপ থোকলে; মীৎ পাংলে, কদোমদনো চংকদবা হায়না। অচুম্বা লৌকথম থীত্না খুৎসম্নন্না চংমিন্নসি।

য়াইফরে-য়াইফরে-য়াইফবে॥

অইব —

খ্বাইগী ইরেংবম নবীন মৈতৈ॥
কাকৈথেল মখা॥

## সনামহি লাইনিং থৌনিরোল

### ফোংবগী ভাংদা ৱাহৈ খরদং

মৈতৈসিংনা নিংসিংবা থোক্লবা মতমদগী হৌনা লায়িংথৌ সনামহি অমদি ইমা লৈমরেল সিদবী অনিবু খুরুমজবা অমসুং থৌনিজবগী থবব তৌরকই। মতৈনা হিন্দুগী লইনি মখী চৎশ্লবদসু লায়িংথৌ অমদি ইমা লৈমরেল সিদবী খুরুমনা, থৌনিবা চিরবা অমা অনা তারবা অমদি মুংভায়-য়াইমগে হায়না থৌনিজবা তোক্লমি, কবি অমুক হান্দকগনি হৌজিক গৌরিয় বৈষ্ণব লাইনিং চৎপা কাংবুগী অসিংগী থৌরম শ্রাদ্ধ সোনগদবগী মমাংগী মুমিংকী মুমিদাংদা লাখিংথৌদা অখেনপোৎ অমদি মৈরা কৎচদুনা পাংথোকরুদৌরিবা শ্রাদ্ধগী থৌরম অসোই অথাম থোকহনবীগনু হায়না থৌনিজবা সোইদবা থৌরম অমা ওইনা তৌনবিবনি।

লায়িংথৌ লৈমাবন অমদি ইমোইমু ইমাগী থৌনিজবগী কাংলোনসি মৰম শুনা থেংনবা খব ৱাৎলি, পোৎচং মিংথৈ অনদি অকরুবা মুমিংনচিংবা তাকপা লাইবিক কয়া থেংনদে। ওজা ইবুংঙো নবীন মৈতৈনা ইবিরিগা সনামহি লাইনিং থৌনিরোল পরেংগী অহানবা সরূক অসিদা লায়িংথৌ সনামহি, ইমা লৈমরেল সিদবী অমসুং ইমোইমু ইমাগী থৌনিবগী মতাংদা মিংথৈ, পোৎচং অমদি অতৈ অকুপ্পা মরোলগা লোয়ননা তাকপিবি; থৌরম খুদিংগী য়াউদবা য়াত্রবা নাহৈরোল য়াউরি।

লোইননা থেবয়োল, লাইচা অফবা ফত্তবা, তৎনবা মুমিৎ ই খুদেং লাই খুদেং লৈবা মুমিৎনচিংবসু হাপ্লীরি। লাইরিক অসিনা লৈবাক অসিগী মৈতৈরোন্দগী লৈরক্লবা, খুন্নাগ্নরক্লবা অথোইবা লাই-সিংসিবু পোৎরপনা খুন্নমজবা; থৌনিজবদা খর মথৈদি চৎনবা য়ারগদ্রা খঙ্গহনা লুপ অসিনা মীয়ামগী মফমদা লাপ্থোকচবনি। অরাংপা অমদি লোনগী ফজদবা য়াউরবসু মচি ওইবা সন্নাক লৌথৎপীরগা লায়িংথৌ সনামহি ইমা লৈমরেল সিদবীগী মিংথৈ য়াওই হায়না খনবিরগা খুন্নাম্বা অমদি থৌনিবিহনা তেংবানবা মপুগী থৌজান ফংবিনবা তরা খাদা নোল্লুকচরি

তরা খাগী

ইবেংবম লুখোই

পাওতাক মাওই

ইম্ফাল ২৪।১২।৮৬ (Adviser) সনামহি লাইনিংকোন

ইম্ফাল সংলেন

# বাহৈ অমা অনিদং

ইকাই খুম্নববা ইতোন ইবুংঙো ইরেংবম নবীন মঙাংগী "সনাময়হি লাইনিং থোনিরোল" কৌবা লাইরিক অসি পাজরে। লাইরিক অসি চেনা য়ামদ্রবস্নু পিক্লবা লাইরিকসিগী মনুংদা য়াও-ব্রিবা মমল নাইদ্রবা মচাকসিং অসিনা ভপাবসিংগী পুক্রিংবু থোই-দোক্না চিংসিনবা ঙমহল্লি। লোয়নননা মীহৌরোন্দগী তৎন-থানবা য়াদনা থাগোম্নরক্লবা মীতৈ খুন্নাই এখোইগী য়ুমলাই; লাইনিংথৌ ইবুংঙো, ইমা লৈমরেল সিদবী অমদি ইমোইমুনচিংবগী ঈরাৎ-থৌনিদা লমজিং লমতাক পীবিবগীদমক ঐনা কংলৈচা অনা ওইনা অইববু থাগৎচরি। অসিগুম্বা মথলগী লাইরিক কয়া মমাংদা অথং-অহৈ কয়ানা ফোংগ্রে। পুম্নমক মপুংফাবা অপেনবা হাইবহু ঙাক্তনি। অহুবু অথেঙবা ওইনা অইবনা পুথোকপীরকইবা কাংলোন অসিনা অসম্বা লম্বেল অমস্নু ওইবগা লোয়নননা থোইদোক্না মচু তাবা অমস্নু ওইগনি হাইবসি ঐগী থাজবান। অতোপ্পা অমনা হেক পোকপদগী সিবা ফাওবদা লাংফম কয়াগা ঈরোইনদুনা লৈরিবা মীওইবা ঐখোয়গী নোংমগী মনুংদা থোরকপা লাংফম; হাইবদি লাই ওক্লবা, অথু-অকাই, অফিং-অফাইগী লাইনা কয়ামুক লাকপদা অমাই-অমাইবীগীদমক চেন্নবগী অরাবা য়াওদনা অমদি খুৎনা রাথলনা খুদকী ওইনা লামবদা অরাবা ওইনা লামবদা অরাবা ওইগদবা পোৎলম-চৈরম, য়াওহন্দনা ইপু ইপানা থম্মীরম্বা অচম্বা মওংদা

খুদোন তম্বীরম্বা চবানলোনগী কাংলোল কয়ামুক অসিগীদমক্তস্থ অইববু থাগৎচৈ। মসিনা মরম ওইহনা পিক্লগা লাইরিক অসিবু ইপু-ইপাগী লীকলম-লিখুন, লাইনিং লম্বীদগী হেন্দোকত্রিবা; মসিবু ইকাই খুম্নবীরিবা ইবমচা সিংনা খোইদাগা লৌসিনদীরবদি অইবগীস্থ অফোবগীস্থ হোৎনজমঙ্গ মহৈ য়াম্লে লৌজগনি। অরোই-বা ওইনা আসগুম্বা মখলগ লাইবিক অমস্থং পাডগাক কয়া অহলগী মাইকৈদগী খুদোল তংখহনা মপুং ফাত্রিবা মতৈ খুন্নাইগী লনগৈবু খরদং ওইরবস্থ মেনখৎপীবম্বা ওস্ম পীন য় হাইনা এহাক্লা 'সনামহি লাইনিংকোন, কংলৈপাক সংগেন পন্নমক্কী মঙ্গৎ সিন্দুনা তাইবঙ মপুবু খুরুমজে॥

ইবোমচা অঙোম
খোবুবেল, পুরেন
সনামহি লাইনিংকোন
কংলৈপাক॥

খুঃ চৈচৎ ২৫। ২।৮৬

## লায়িংথৌগী থুবম থম্বা অমসুং সকতম লাৎপা ॥

কংলৈপাক্কী ৱেক সলাই তরেংকী য়ুমথোং খুদিংদ সনামহি লাইয়িংথৌগী থুবম য়াখিবা অমসুং সকতম লাৎখিবগী ৱারম খরদং পাংথবন থিজিনজবদা অমসুং অখণ্ড-অহৈসিংন তাকপীবগী মতুংইন্না মখাগী অসুম্না সমপৎনা ফংজে।

লৈসেমলোন পুম্নাগী মতুংইন্না সন্নারেন সিদবনা মপান্নী অতোনবা কোঞ্জিল তুকথবদা (পাখংবা) লৈপাক্কী নিংথৌ ফম্বাল পীবগা লেইননা মপাবী অহল কোনসেং তুরৈসেংবা সনামহিদা তাইবঙ য়ুমথোং খুদাংগী ফম্বাল থুবম য়াহনা নিংথৌ ওহন্নু তাক-পীরে। মতৌ অসুম্না সনামহি ইবুঙোনা লাইগীসু নিংথৌ তাইবঙ-গীসু নিংথৌ ওইবীখ্রে। মসিনা ফম্বাল য়াবা অমসুং থুবম থম্বগী ৱারোলনি।

সকতম লাৎপগী মতাংদি (সেলখাই নত্ত্রগা অতোপ্পা মওং) ইনিংথৌ খাগেম্বগী হাক্তক্তা অমম-অঙান খাইরিবা, অচৎপগী ময়োল ওইবা, চৎতবগী মউ ওইবা তাইবঙ খাইবা মপু মাবু ইচা ওইনা অমুক্তদি ফংহনবীয়ু হায়না মতম কুইনা পৈরে চেৎচরবগী তুংদা লাইয়িংথৌনা সনাহল রবীহল কোনা নিংথৌ ঈদা লাংওনবীরে। মতমগী খোংলৈ য়েংনা তাইবঙদা লাংওল্লিবা মপুনা থুপলগে খনখি-বনা খংহৌদনা নিংথৌ কোন্দগী মাংখ্রে। লৈবাক মীয়াম চংনা কোয়না থিরবসু ফংবা মরৈখিদ্রে। মতুংদা খাবী মাইবীনা 'নচাদি

ঐগীদা লৈরে ; ইনিংথৌনা নচানি খল্লবস্থ ইবুংঙো মাদি মীগী লাংওল লোইহনা লাইগী সাইওন্দা চংখ্রে। হৌজিক্তি মীগা লাইগা উনবা য়ায়রোই, ঙাংন-সরুবস্থ য়ার রাং। ইনিংথৌনা মাবু উবীনিংবা লৈরগনা ইবুংঙোনা তাকপীবগী মতুংইন্না পুং-সেম, সরিক, সেকপীন, চোং থান্দুনা অমাইবা-অমাইবীগা (লোয়ননা) লৌবো” হায়রবদা খাগেম্বনা খাবী মাইবীনা হায়বগী মতুংইন্না থৌরাংজহনা মচাবু কোন্নুংদা পুখংলে। অহুব্ লাইয়িংথৌদ সনথোং কাচিন্দা মহৌসাগী লৈফমদা সাথুপখ্রে। সনাহল মসক উদ্রবদা মমাইবেম্মা-মপাইবুংঙো অনিমক্না কপ লাওনা লৈরবদা খাবী মাইবীনা হায়রকই ;—“হে খাগেম্বা ! নচাগী মসক উনিংলবদি সনা কৈথেন্দগী মিংসেল অচৌবা উপ্না লৈরম্বা অমতং লৈকও। মিংসেল অহদা নচাগী মসক উবা ফংগনি’। হায়রবদা খাগেম্বা নিংথৌনা হায়রিবহুমক তৌজখি। মিংসেলগী মনুংদা মচা ইবুংঙোগী সকতম উজরে। মওংদি চহী মঙাগী নারা অমগী সরুম্নি। রাদি ঙাংদে অহুব্ খাবী মাইবীগী কোক্তা তোংহনা লাইপাও ওইনা চেল্লে। “ইপা ইবুংঙো থা মায়কৈ অসি তিলমু লাইমু য়াম্না কল্লি। ঐনা হান্নগী খুবম অসিদা লৈহনা লৈপাক নিংথৌগী কত্তবা লাকদবা, য়েক্লবা, কল্লকপা, অরা-অনা তাগদবা পুম্বা ঙাক্তুনা লৈগে। থৌওংদিং অসি লাক্লবদি ঐব্ থৌনিজরগা অরা-অনা কোকনিয়ে” ভাকপীরে। মতৌ অম্মুম্না খাগেম্বা নিংথৌনা লাইয়িংথৌব্ নৌহৌনা কোনজলজহনা অমুক লাংচখি। মতুং খরা লৈরগা লৈপাক মীয়াম্না খাগেম্বা নিংথৌদা হঙংলে “ইনিংথৌ য়াইফবা !

ননাই ঐখোয়স্থু লাইয়িংথৌগী থুবমদা লাইয়িংথৌগী সক্তম অসি লাংচংগ"! হায়রবদা নিংথৌনা খাী মাইবীবু কৌখত্তুনা লাইপাউ চেল্লু তাকপীরে। খাবা মাইবীগা লাইপাউদা 'ঐগী সক্তমদি তাইবঙ যুমথোং খৃদিং থমফরোইয়ে ; নবুংত্তো! ঐগী মঙং সক্তম থমগে হারম্বদি নংগী নংগী সাগৈগী ওইনা সাগৈ পীবাগী য়ুমদা মুমিংকী মঙং লাক্লা নংগী নংগী সলাইগী ময়েক হাপ্তুনা লাংচৌ" তাকপিবদগী কংলৈ মৈতৈ য়েক সলাইচাসিংনা মযুম য়ুমজাওমুংগী খা-নোংচুপ কাচিন্দা থুবম য়াহুনা অমসুং সাগৈ-সাগৈগী ওইরগনা পীবাগী য়ুমদা চোথে লুবাকমুংদা সেন্ন মুমিংকী সক্তম লাক্লগা সলাইগী ময়েক হাপ্তুনা লাইয়িংথৌবু সনথোং অপানবা কৌনা লাংনরকখি। (খাগেম্বা লাংজৈ)

হৌজিক হয়িংখোংবাল উফোং য়ুম্ফম (অহানবা মণিপূর রাইফলস)দা লাংলিবা পী-পাগী সক্তম ওইবা লাইখিংথৌ-লাই-রেম্বীগী সক্তম অসিদি কাইনখংদা পামহৈবা হাকতক্তা রাজোই লাইকমগী কোলু থুগাইখ্রবা মতুংদা ইনৌ-নৌনা হৈহুনা লাংখির্বনি। রাজোই লাইফমদা লাংলম্বা লাইয়িংথৌদি নাহ্রা অঙাংগী সক্তমি। কোলু য়ৈথায়বা মতম কাওবদা লাইরেম্বীগী সক্তম লৈরমদে। (সনামহি কোলু য়ৈগাইবাদা য়েংবীয়ু)

লাইয়িংথৌ থুরুম্বগী কাংলোন, হুমিৎ থাবাল পোৎচং নাহৈরোল অমসুং মিংথৈ।

লাইযিংথৌ সনামহি থূরুম্বগী কাংলোন অসি অহুম থোক্লা থম্বীরমই। অহানবদা তৎন-খানদবা চয়োলগী অহল নোংমাইজিং

মুমিত্তা অথেনপোৎ অমা সেমলগা লফোই-লফাং চংথোকপা অমা কা ১, মনা ১ গা লাদা কোল্লগা লফোইদা থেৎকনি। লফোই লফাং অহু লোংনা হাপকনি। হৈ-লৈ লাংথৈ মপোপ ৩, মৈরা ১ থোইজু লৈখাম অকৎসেন য়াওনা থুকমজগনি। লাইমাংদা পোৎ-চৈ থেনবা লোইরগা তাইরেন পুংফাইনা লাইজ ইক ইসেংদা লুপ্লগা নাহৈরোন সোন্দুনা পোৎলম খুদিংমক লোইনা থুকমজগদবা মী মসামক অহুনা খিকতোক সেংদোকদবনি মসাবুম্ সেংদোকনি। অহুগা থুবাক ৩ লক থুহুনা "ইহাল হানবা ইপুথৌ, হৌফাবো হৌফা-য়ো হৌফারো" হায়না লাই হৌদোকনি মতুংদা মখাগী লায়িংথৌগী মিংথৈ অসি হাইহুনা থৌনিজগনি।

লাইথিংথৌ ইবুংঙো। হৌফারো হৌফারো হৌফারো
হে লাইয়িংথৌ সনামহি নখঙ যাইগী য়াইমরু,
মিরেনকোন্দা ফম্বা হিখোম য়াইখোম লোইবা,
লীকসারিক্কী তোনসিংথৌ সিংনাং য়েনবী সুবা
কবাক য়েনবুম হাইবা মীচিন পুনবা মীয়া থেৎপা
লিকলাই সনা তনৌবা মনিক সন তরংবা
নমিংদি হু মনিক ব মনিক স মনিক কৌয়ে
লাইয়িংথৌ থৌজানবিযু মি মি-মি, কুক-কুক-কুক

মসিনা চম্বা থৌনিজবগী কংলোম্নি। ভহুগা খুদম চাংদম য়েংনীংবা লৈরগনা মখাগী থৌওংসি ভৌবিগনি।

মৈতৈ ওমু অহুম লা লাতোন মথক্তা হাপলগা চপ মান্নবা লাইরোমদা মমায় ওম্না থমগনি। মৈতৈ ওমু ফংব্রগা ওমু অতৈনা

ম্রিনবস্থ য়াই। খুদমদি ঙা অত্থুনা লাইলোমদা চংসিল্লবদি য়াম্লা কৈ। চহি অত্থুগী মনুংদা তৌরুবা থবক খুদিং য়াইফবতা নত্তনা অরা অনা তুরৈ ইরৈ চেনবা লৈরোই। করিগুম্বা ঙা অত্থুনা মমাই ওম্ফোক্লবদি ফত্তরে হায়রবা থঙউ। অত্থুগা লেংদনা লৈরবদি হায়রগী-গুম্না অত্থুম কৈ। হায়রিব ঙা অহুম অত্থুগী মনুংদা অমত্তং ওইরবস্থু, অনি ওইরবস্থু, অহুম্মক ওইরবস্থু মথকী মওংসি তৌবদা খুদমদি চপ মান্নগনি। থুরুম্বা লোইরগা অতৈ পোৎলমসিংদি ইমুংগী মীনা লুকমন ফংমিন্নগনি। ঙা অত্থুদি চারোইদবনি; ঈসিংদা থাদোক-পীগদবনি — । রাহৈদি

"হে ঙমু' নংবু নহাল্লোং তাইবং সেমথৈদ, নমু মীতম্থৈদা নংনা তাইবং লেপ্পদি য়াররোই; এগী থৌদা প্যাংবা য়ারোই। অত্থুবু লেম্না মাংবদি য়াররোই হায়বগী নংবু মীতম ভামু হায়না মীংথোন্দুনা তাইবগুনা অরা-অনা নংলবা, লাংফম লাক্লবদা উসিন ওইনো হায়না মপু মানা নকোক্রা নুঙ ফুম্বীরম্মী। ঙসি ফাওবা লৈরিদো। ঙসি হায়বা মুমিৎ অসিদগী নংস্থ লাইজ ইরোম্নুংদা মুংঙাই য়াইফনা চাদা স্থদানা লৈক্সরো এথোংস্থ মুংঙাই য়াইফবা ওইরগে" অসি হায়-রগা ঈসিংদা থাদোকখিগনি।

অনিস্থবা থৌনি কাংলোল, সংগোলসেন মুমিম্ফা খুরুম্নদি লাইচা য়েংওই। থা হেক পানথৎলকপগী অহানবা সগোলসেম্বা খুরুম্নজগনি। পোৎচংদি লফোই লফাং চঙ থোকপা ৩, কা ৩, মনা ৩ ল্যানা ক্লোল্লগা লফোইদা থেৎকনি। লফোইদি লোংনা থমগদবনি। লাংথৈ মত্তোন ৩/৩ লফোই খুদিংগী লৈহুন তমগনি।

হৈ মনম নাইবা, হৈকল লৈকল হাপকনি। স্না কোনয়াই-লুপা কোনয়াই চনগনি। কোনয়াইরোলদি,—' মালেম লৈস্না অভাংবা, কোরো নোংলূমপাল অঙোবনা চৌংদু নংগীদমক্তনি খোইযুম নংগী দমক্তনি হাইদুনা কোনজলজবিয়ে"। তাইরেল পুংফাইন লাইজ ঈন্ধ-ঈসেংদ লুপ্তুন নাহাইরেল সোন্দুনা খিকতোক সেংদোকনি। মতুংদা খুবাক ৩ লক খুদুনা "ইহাল হালবা ইবুধৌ হৌফবো-হৌফ-রো" হাইনা লাই হোদোকনি। অরোইবদা থৌনিরোল মীংথে সোনগনি।

খুদম য়েংগে হাইবগনা খোইরু থাউমৈ নত্রগী লং অহিংবনা মখোং ৩ পাল্লগা কম্বীদা নত্রগা দোনাদা হংগামথাউ হাপলগা মৈরা কংকনি। মৈরী অদু হায়দোকপরা, চুন্না লৈত্রা হানযা চেক্‌সিন্না য়েংগনি। মৈ মচুদ্রস্থু য়েংগনি। মৈরী অদুনা চুন্না কাদুনা লেং হাইদনা ইংনা লৈরবদি ফৈ কবিস্থু তৌরোই। লাইরোমদা হায়-জিল্লবদি অমুক্তা হেন্না ফৈ। অদুগা নৈরমলোমদা নত্রগা অতৈদা হাইদোকলবা নত্রগ প্রেক প্রেক কাপলবদি কয়া পাংদবে। হাই-রিবা অসি অনা-অয়েক তৌরবদা, থবক ইনথাংদা অকাইবা ওইরবা অমসুং মঙ-হা চোইরবদি থা খুদিংগী তত্তনা থা ৩ লক তৌগদবনি। যুম্মাং-কৈমাং থোক্লবদি থৌরম তৌবিরোইদবনি।

অহুমগুবা থৌরম কাংলোন,—লৈপাকপোকপা হুমিত্তা খুরুম-বদি মালেম ইমা য়াউনা খুরুম্বনিনা ইমা লৈমরেল সিদবীগী লাই-মাংদা লৈহন তৌরগা লৈজবা হৈ-লৈ কংকনি। লা লাশোন নোংপোক ওনবা অমদা চেংবা হৈগনি। তিলহৌ-চনম য়াওদনা

অতৈ মরোই-মপাং অতেকপা ইনসাং-নাপী লৈজবা হাপ্তুনা অথেলপোৎ অমা কৎকনি।

লাইয়িংথৌদদি অথেলপোৎ কৎলোই। লাইয়িংথৌদা কৎকদবা পোৎলমদি য়াম থরা কুপ্পা সুরগা নিকনি অতুগা চুহিং (চুঙাং অমসুং চুঙৌনা সুম্বা). লফোই, থোইহি মরম ৫ (মঙা) অসি নিংথিনা তোৎলগা হান্না কৎকনি। তাইরেল-পুংফাইনা লাইজ ঈরূ ঈসেংদা লুপ্তুনা নাগাইথোকনি। খুবাক অহুমলক খুহুনা লাই হৌদোকনি। মথংদা মথকী থৌনিরোল মীংথৈ সোন্দুনা থৌনিজগনি।

খুদম য়েংগে হাইরগনা মৈরা অহুম নোংপোক নোংচুপ্পা পরেং সানা কৎকনি। মৈরানা নোংপোক্তগী হৌহুনা মথং-মনাও নাইনা মুৎলবদি য়ান্না ফৈ। তৌরুবা থবক পূন্নমক কান্নগনি। নত্তহুনা ময়াইনা হান্না মুৎলবদি অনা-অয়েক নংই। মনিংনা হান্না মুৎলবদি ইমুং-মন্নুং পূকচেল-থোইজেল তিন্নদে; খৎন-চৈন তৌই। মনিংগী অনি মুত্তনা মমাংদমক মুৎলবদি তুরৈ-ঈথৈ চেল্লে।

লাইয়িংথৌ খুরুম্বগী কাংলোন অসিরাইদা লোইজরে॥

## লৈমারেল খুরুম্বগী রারোল

পোৎচং—অথেনপোৎ অমা, লফোই লফাং চংথোকপা অমা, ক্বা মপুম অমা, লাংথৈ্‌ মপোপ অহুম, লৈসং, সনা লুপা লৈস্নু থর মতুং ইনগনি হৈরা য়াউবা য়াই য়াওব্রবসমু য়াই। তাইরেন পুং-ফাইনা নাহৈরোন সোন্দুনা সেংদোকনি খুবাক অহুমলক খুহুনা ইমাবু হৌদোকনি অহুগা মিংথৈ সোন্দুনা খুরুমজগনি।

লাংথৈ্না লৈহুন
তম্বগী মওং




সনা কোনয়াই
লুপা কোনয়াই
লৈসং ফম্বালদা
থমগনি



ম্লিংথৈ—লৈমারেন ফম্বাল য়ানে
ইমা লৈমারেন সিদবী
লৈহিংনু লৈনপকা
লৈমরেল ফম্বাল মথাদা
সনাগী কোনকু তাথিবনু
তাকরোই তাকরোই তাকরোই

## নাহৈরোল

হুং হৈ হুং হৈ কেংগা য়োইগা মেনগা য়োইগা থৌরি, থৌয়া লাংবু থৌরি, থাবা পোংথৌ তম্বী থাবা মাব্ লাম্নংদে, মুমিং পোংথৌ তম্বী মুমিং মাব্ লাম্নংদে, য়ারা কোংথাং সাগী পোংথৌ মথং লীজগে কুমজা পাল্লো থৌগে নোংজা পাল্লো থৌগে ভাল্লরে তেরগে হা হুং হা য়েং।

তাইরেম্না, পোংকাইনা, উখোক্না, য়াখোক্না, নাপুনা, নাসেম্না, য়াথাইনা, নাপীনা সিংনানা, সিদয়াই নাদয়াইনা, তেল্লোই লুয়াং ঈ, তোংঙা লৈরোং ঈ, কোংবা ভুরেল ঈ, মংলেন ঈ, চীংগোই নারল ঈ নমু তাইবং মীনা নম্বা, কাউরেন সম্না নম্বা, কায়রৈ য়েম্না নম্বা

তেকপী ওকনা নম্বা লুরাং অমাইবা লুরাং অমাইবীনা তাইরেম্ব মরোংবু পায়তুনা লাইজা থিকফেন চাইনা সেংনরে পাম্নরে তিল লৈরগম্নু লাই লৈরগম্নু

হা হুং হা য়েং

থা খোং, লাইখোং, মরোংখোং লীলহাখোং ফিস্নুখোং য়ামপীখোং, মম্নুংখোং খোংলম তরেৎনস্নু সেংনরে পাম্নরে তীলমু ফত্তবা লাইমু ফত্তবা পুম্নমকপু থৌরি, থৌয়া লাংবু থৌরি ; মুমিংকুম মসোং চাউবা থাগুম মণ্ডাল অরাবা ফংজরগে মাইকৈ মরি চিথেক নিপানমক কেনরে পানরে সেংনরে। হা হুং হা য়েং।

---

# ইমোইনু ইমাগী থৌনিরোল

## ইমোইনু ইমাগী সমলপ্পা ৱারী।

ইমোইনু ইমা অসি লৈমবেল লাংওন্দা লুৱাং নিংথৌগীদা অচুম্মক লৈরম্বা থেংনজে। অচুম্মকপু ঐনা থিজিনজবদা য়েৌদব ওইবমু য়াই। ঐনা ফংজবচুদা ইজবনি। লুৱাং নিংথৌনা খুমন নিংথৌগী মচা মুপীবু লৌহুনা ভাঙাং অমা পোকই। ভাঙাংচুগী মমিং সেম্বা কৌই। কবিগুম্বা অমদগী মপা-মমা অনিনা নিংঙাই সংদানরতুনা খৎনবদগী মমা ইবেম্মনা সেম্বাবু পুচনা মপাম লৈপাক্তা লৈখি। সেম্বা চাওৎবদা কংলৈদগী ইমোইনুবু খুমন্দা পুথখি। মতুংদা কংলৈ চনু পীয়াইনুগী মচা ইবুংঙো চলাম্বগী হাক-তক্তা খুমন্দগী ইমোইনুবু কংলৈদা অমুক পুখৎলকখি। চলাম্বনা খুমন্দগী ইমোইনুবু পুখৎলকখিবা মুমিৎ অসি ৱাকচিংগী ১২ নি পানবা সগোলসেন মুমিৎনি। ( নিংথৌবোল পুয়া ) মুমিৎ অসিদা লিকলাং পীথোকহৈদে। কনা কনাগুম্বনা মুমিৎ অসিদ চাকহেন ঙাহেন ফাওবা তৌহুনা ইমাবু নিংজে। অচুমকপু করিগুম্বা মতমদা মুমিৎকা থাবানগা খেন্ন-খেন্ননা লাকপা য়াওবদগী থাবানতমক লৌরগা লৈপাক খ্বাইনা ৱাকচিং থাগী পানখৎলকপা ১২ নি পানবদা ইমোইনু ইমাগী থৌরম তৌনৱি।

ইমোইনু ইমা খুৱমজবনা মুংঙাই য়াইফবা ওই; ঙাহোং-চাকহোংই, খুলজাও লৈচাওই, পুন্সি মুংসাংই হায়বগী য়েক-সলাই-চাসিংনা হেনফজবা থৌরম অমা ওইনা ঙসি ফাওবা পাংথোক্লৱক্লি।

ইমোইনু ইমা থৌনিবগী কাংলোন অসিমু অহুম থোক্না লে। অহানবদা,—তৎন থানদবা, তেকলেন-ম্বাইতেক লৈতবা লাইচা অফবা মুমিত্তা ফুংগা লাইরু মমাংদা মুনিদাং য়াচংবা মতুংদা খুরুম্নে। (কনাগুম্বা ফুঙ্গা লৈতবা ইমুংগীদি য়ুমগী কারন্দা হায়বদি মেন উরেপকী মমাংদা খুরুম্নে) লা-লাতোন নোংপোক ওনবা অমদা ইমুংগী মীনা চাবা ওক্রবা চে'বা নিংথিনা হৈগনি। লৈজবা ইনমাং মনা মমাং মরোই-মপাং থুম-মোরোক স্থনা হ'পকনি (হিলাহী চনম মত্তুনা।

লাংথৈ না কৈ হুন তনগনি; হৈকল-লৈকল হাপকনি। কোনয়াই-রোল শিজিন্নতুনা সনা কোনয়াই হুনগনি। খোইজু-লৈখাম্নচিংবা য়াওনা মৈরা কংকনি। তাইবেন-পুংফাইনা লাইজ ঈক-ঈসেংদা লুপতুনা নাহাইবোন্না খিকাতোক সেংদোকনি। মতুংদা খুবাক ৩ লক খুতুনা ইমাগী মিংথৈরোল লাইসোল সোন্দুনা থৌনিজগনি।

লাইসোন্দি,—"পিজোংন্নুনা চোংথৈগী পিয়াইনুনা মাইথৈগী সি'নাং পোংগল পোকতেক মরক্তা সেউ কাংগী মন্নুংদা হিক্বা হ'ইনা লৈবিথৈগী নচুনা সনা অহিংবগী মচু ম'ল্লিবী; নমিংনা লৈয়োল্লাং তনৌবী হায়না কৌরিবী! মঙাংদা য়াহৌবী, লুগাংদা চাক্তাবী, খুমন্দা য়াহিপ্পী হে ইমোইনু ইমা ইশেম্মা! অরৈন্নু লৈসিনবীরকউ অহুমন্নু হুমজিনবীরকউ। চিল্লবা মতমদা সনা কোনসোরেন্দগী তৎতনা সোগৎপীরকউ। মি-মি মি, কুর্ব-কুব-কুক হায়না অহুমলক সোলগনি।

খুদম য়েংগে হাইরগনা কৎলিবা পোৎলম পুন্নমক অহু থুমুক অমনা হৌদোং উচিনচিংবা চংদনবা চেকচিন্না উপসিল্লগা অহিং অহুমা

থমগনি। নোংঙাল্লগা ইরু মাইথজথোক্লগা কংখ্রিব। চেং অহু অমুক হন্না ওনথোক্লুনা য়েংগনি। চেং অহুনা হান্না কংখিবা চাংদগী খর হেনগংলবদি ফবে। ইমুংতু হান্নদগী হেন্না চাওখৎপা ওই। হান্নগী চাংদা কাইদনা লৈরম্লবস্থ ফৈ। হান্নগী চাংদগী তারম্লবদি কয়া পাংত্রে হায়বা থংগনি। অমুক হন্না থুরুমজগনি।

অনিস্সুবা থৌনি কাংলোন্দি,--লৈপাক নিংথৌ য়াওনা লৈপাক মীয়াম্না পাংথোক্লরিবা চহি অমগী মনুংদা অমুত্তং লাকপা ব্রাকচিং থাগী পানথংলকপা ১২ নি পানবা নুমিৎ অসিনি। ইমুং-মাঙ্গোল, ইংখোল অকোইবদা মৈরা থাদগনি। ফুঙ্গা লাইরু মমাংদা হৈ-লৈ য়াওনা লাংথ্রেনা লৈহুন তৌগনি। ফুঙ্গা লৈতবা ইমুংগীদি কারন্দা হায়বদি মেন উরেপ মখোংদা থৌনিগনি। অথেল-পোৎ কংকনি। তাইরেল পুংফাইনা লাইজ ঈরু ঈসেংদা লুপ্তুনা নাহাইরোল সোন্দুনা খিকতোক সেংদোকনি।

মতুংদা থুব'ক ও লকথুহুনা মথক্কী মিংথৈরোল লাইসোল সোন্দুনা থৌনিজগনি। মৈরাদি অতে মফমসিংদা ঙাইহাক থাল্লগা মুৎখ্রবস্থ লাইয়িংথৌ, লৈমরেলগী, ফুঙ্গা লাইরু, চাকখুম লৈরং অমস্থং মেন উরেপ মমাং, মফম মঙা অসি অহিং মৈ মুত্তনবা থৌরাং তৌবা ফৈ।

অহুমস্সুবা থৌনি কাংলোন্দি নুমিৎ খুদিংগী তুমলমদাইদা ইমাবু লাঙ্গোলজবনি। মওংদি য়ুমগী নুপী (য়ুম্নুরেম্বী) ওইবীনা ইমুং মনুংবু সিংতোক-সেংদোক্লগা পুক্লিং চংনা লাইয়িংথৌ লৈমরেলবু খুরুম-জগনি। মতুংদা মেন উরেপকী মখোঙদা ইমোইমু ইমানা লেংদনা

লৈবীরে হাইনা নিংজরগা ইমাগী মিংথৈ সোনগনি। পুক্লিংনা ইমুং অসিদা ইমানা অপাল শক, ফিরোল, অচা-অথক পুন্নমক ল্লাৎতনা পীরে, ল্লাঙ্গাইহনা লৈবারে, অরাং-অপা লৈতরে হায়না নিংজগনি। থৌরম অসিবু নোংমগী ক ইদনা শৌরিবা ইমুং অহনা থোইনা পংনভ নংলোই, পভরা ল্লারোইদবনি হায়না অহল-লমন্না তাকপীরম্বা চেকসিল লাইরানি।

## থেবরোল (চবান লোন)

থেবরোল হায়বসি থেবরোল কোবা পুয়াদা পীরিবা ঐখোই মীওইবগী ইসাদা অঙাং অহল অনিমক্তা লাকপা অকিং অকাইগী অমদি লাইওক-তীনওক্কা লাইনসিংবু অমাইবা-অমাইবী ল্লাউদনা ইচম-চম্বা পোচভ-চৈচভগা লোইননা ঈন্নাৎ-চবান তৌজনবগী চবান-লোলনি। মসি মাপুম ভিংনা থংজিনমিন্নবদা থরদং কান্নবা ফংগন্না থন্দুনা ইরুপচাসিংদা লানথোকচবনি।

## ১। থেব উরী থাংবগা লাইনা

অনাবগী হকচাংদা অফা-অপুন্ননা, লেভ-খোৎপা ওমদনা নারবদি থেব উরী থাংবগী লাইননে। মাগী লাইগী) মচুদি সহুংগী মচুনে। মাগী ঈরাৎ চাকথাক্তি য়েরুম মমুৎনে, ফৌ মরম ভরেংকী চেং, (থুনা খোক্তুনা) সনা কোনয়াই লুপা কোময়াই হাপতুনা লা-লাতোন মৈরম ওন্দুনা হৌবা অমদা হাপতুনা উরী য়েৎপা

উ-মখোঙ অমদা থাদোক্লনি। অকৎ সেল, হৈ-লৈ য়াওগনি। মমিংদি উরি লোংবা কৌয়ে। অসি হাইদুনা সোল্লগা পোৎলম-সিং অদু উরিদা য়ানখৎলমও, কৈয়ে।

## ২। থেব কক সাবগী লাইনা।

থেব কক সাবগী লাইনাদি মরোল মরি ককচিন্না নাইয়ে। মাগী মসক্তি হামেংগী মসক্কে। ঈরাৎ চাকথাদি য়ুমগী ইনথাং-কমদা (মথা ইনথাদা লাইয়িংথৌ খুবমগী মপাদগী থর চৎথৎলগা লৈবা মফম) লৈপাক খুবোম অমা লুনা তোও। তোনা কক মচা অমা সারো। লাই মহাক্তি হৈরিৎ চাবনে। (হৈ কংদ্রগা মনানমু য়াই) হৈত্রোইনে, কাংগ্রোনে, হৈবানে, হৈথুমনে, হৈবোংনে অসি থাউ, কৈয়ে।

## ৩। থেব পুল্লে ফুকপগী লাইনা

ফিংনা-ফাইনা, ঙাওনা-কৈমা নাইয়ে। মাগী মসক্তি য়োংগী মসক্কে। ঈরাৎ চবালদি পুল্লে তোম্পোক (নাইতোম হোবা) মখোংদা চাক চদুম ১২, ঙাপুংথাউ (ঙা হৱল্লাউবী) মবুক ঙাংবী ১২ গা মথা ওন্না হোবা ল্লাতোন ১দা হাপদুনা মাইকৈ মথা ওন্না থাদোকউ। মমিংদি ফু-চেং কৌএ।

## ৪। থেব নরাংবা

থেব নরাংবগী লাইনাদি নহানুবী পাথৎনা ঙাওনা কৈনা নাইয়ে। মহাকী চাকথাক্তি রাতোন অনি কারল্লো। য়াম্না ঙাদু খেয়ে মৈতুংঙা অমা সাউ। ময়াদা সনা কোনয়াই লুপা কোনয়াই

চন্নগা মৈরম ওন্না থাউ। মমিংদি রাইরঙ কৌএ। অসি সোন্দুনা থাদোকউ। ফৈএ।

## ৫। থেব নোংইন সাই ওনবাগী লাইনা

মিং অনিমক্তা ঈ কানা ফিংনা-ফাইন, নাইয়ে। মাগী ঈরাংতি লাতোন অহমদা খয়োম চেং, সনা কোনয়াই-লুপা কোন-য়াই চল্লো। ঈসিং চক্ অমা মী অমনা পাইদুনা অনাবগী লরাইদা থিল্লো। মামংদি নিং-নিং-নিং কৌএ। অসি হাইনা ঈসিংদা থাদোকও। ফৈএ।

## ৬। থেব রাতোন্দা লাই সরিক সাবা

লাইনাদি ঙকলি, লুসম খ্বাং, নিঙছু চিকনা সানা নাইয়ে। মাগী ঈরাংতি রাপল মখোংদা ম'তৈ থুম অহুম, লফোই লফাং চঙ থোকপা অমা, খুংনা খোকপা চেং অঙংবা অমা অভৌবা অমা লা লাতোন নোংপোক ওনবা অমদা হাপ্লো। মমিংদি য়েক কৌএ। অসি সোন্দুনা নোংপোক ইথং থংবা রাতোন অমদা য়ানখংলো অদুগা রাতোন অদু লামছনা থাওনা ককথংলমও। ফবনে।

## ৭ থেব ইংখোল মতোল মোইরাম্বা সেন্দাং চাংলোই চং সাবা

লাইনাদি নকোং অনিমক্তা নাইয়ে। নাকোং ঙুং-ঙুং লাউনা নাইয়ে। মাগী ঈরাংতি কেগাম অহনবা অমদা য়েরুম অমা হাপ্লো। য়েংথৌনা থোংগ্রা অমা সাউ অদুগা লা অমনা

মথা থাহনা কেগাম অহু থোংগ্রা মথক্তা থাংগৎলু। মথোংহূদা থোইদিং অমুবগী কাংসুবী খরা খোইরু থাউমৈগা লোইননা থাদোকউ। মফমদি খাঙেলফমদা লাৎলো ফবনে।

---

## নোংমগী মনুংদা ওকহৃমা নাবা লাইগী চবাললোল।

১। নোংমাইজিং মুমিত্তা নারবদি নোংচুপতা ওকনৈয়ে। ওক্লবা লাই অহুদি লনওককুম্বা ওকনৈয়ে। মাগী ঈরাৎপোৎলমদি য়াম্না সামু অমা সারগা অনাবগী মমাংদা থমলগা অনাবা অহুগী মতিল খরা সামু অহুদা তৈসিল্লু। অহুগা কৌক্র পাংনা থাদোকউ। মুমিৎ হুমনিদা ফৈয়ে।

২। নিংথৌকাবা মুমিত্তা নারবদি নোংপোক চৎনা নাইয়ে। ওক্লবা লাইগী মচুদি লিলগী মচুগুম্না, লিলগুম্বা ওকনৈয়ে। মাগী পোৎথাদি য়াম্না মী অমা, ডাসেপ অমা সারগা মৈরম পাংনা থাদোকউ। মুমিৎ মঙানিদা ফগনিয়ে।

৩। লৈপাকপোকপদা নারবদি মনিং চৎনা নাইয়ে। লাইগী মচুদি উনাগী মচু অরাংবগুম্বা ওক্লে'য। চাথাক্তি য়াম্না মকু অমা, মী অমা, সাঁরেং অমা সারগা মখোই খুদিংমক্তা অনাবগী মতিল তৈসিনগনি। অহুগা অরাং লোমদা থাদোকউ।

১। খুমসকৈসা খুমিত্তা নারবদি অরাংলোন্দা চংপদা ওক্লবা লাইনে। লাইগী মচুদি অমস্তুং মওংদি ভুইগুম্বনে। মাগী ঈবাৎ চাকথাদি য়াম্না উচেক লামৈ অমা, সগোল অমা সারগা মোইরাং সম্ভোংদা থাদাকউ। খুমিং নিনিদা ফৈঞ্জ।

২। সগোলসেম্বা নারবদি মথা মাইকৈদগী ওক্লবা লাইনে। লাইগী মচু-মওংদি ইনাগুম্বনে। চাকথাক্তি য়াম্না ভামু থঙ্গোং অমা, কাঙা অমা সারগা অরাং এন্না থাদোকউ। খুমিং ৭ নিদা ফৈঞ্জ।

৭। ইরাই খুমিত্তা নারবদি সম্ভাং লমদা চৎনা নাইয়ে। লাইগী মচুদি অঙাংবনি। মাগী চাকথাক্তি যাম্না মী অমা, নোংসা অমা সারগা নোংচুপ লোমদা খুমিং মংবা মতমদা থাদোকউ খুমিং নিপালনিদা ফৈঞ্জ।

৭। থংজ খুমিত্তা নারবদি মৈরমদা চৎনা নাইয়ে। লাইগী মচুদি চুমথাংগী মচুগুম্বা ওকনৈ। লাউবা-খোংবগুম্বা নোংথাক লাউবগী খোঙ্গেলগুম্বা তাইয়ে। চাকথাক্তি উচেক উসাই অমা ভমু অমা সারগ মাংলোমদা থাদোকউ। ফৈঞ্জ।

---

## থাসি মাইকৈ

সজিবু, থবান, পে ঈনু থা অহুম্মক চাংথ থাসি মাইকৈনি।
কালেন, লাংবন, ব্রাকচীং থা অহুম্মক্তি অরাং থাসি মাইকৈনি।
ইঙা মেরা, ফাইরেল থা অহুম নাংচুপ থাসি মাইকৈনি।
ইঙেন, হিয়াঙ্গৈ, লমতা থা অহুম্মক্তি কৌক্রু থাসি মাইকৈনি।

## তৎনবা নুমিৎসিং

সজিবু, থাব়ান, পোইন্নু = নোংমাইজিং, নিংথৌকাবা তৎনৈয়ে
কালেন, লাংবল, ৱাকচোং = য়ুমসাকৈসা, ইরাই ,,
ইঙা, মেরা, ফাইরেন = লৈপাকপোকপা ,,
ইঙেন, হিয়াঙ্গৈ, লমতা = সগোলসেন, থাংজ ,,

থাবান

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। ১১। ২১ লাইনা | লাই | চাই | কয়া ফত্তে |
| ২। ১২। ২২ ,, | য়েন | ,, | সেংএ ফৈ |
| ৩। ১৩। ২৩ ,, | ঙাম্নু | ,, | সেংএ ফৈ |
| ৪। ১৪। ২৪ ,, | ছুই | ,, | সেংদে ফত্তে |
| ৫। ১৫। ২৫ ,, | ওক | ,, | সেংই ফৈ |
| ৬। ১৬। ২৬ ,, | সন | ,, | সেংদে ফত্তে |
| ৭। ১৭। ২৭ ,, | ইরোই | ,, | ফত্তে |
| ৮। ১৮। ২৮ ,, | সগোল | ,, | ফত্তে |
| ৯। ১৯। ২৯ ,, | সামু | ,, | ফত্তে |
| ১০। ২০। ৩০ ,, | মী | ,, | ,, |

ঈ খুদেং লৈবা থাবানসিং :। ৪। ৬। ৭। ৮। ৯। ১০। ১৩ ১৪। ১৫। ১৬। ১৭। ১৮। ১৯। ২০। ২১ = থাবানসিং অসিদা লাইগী নক্তগা অফবা থৌরম তৌবা ফত্তে।

ঈ খুদেং লৈতবা থাবানসিং ২। ৩। ৫। ১২। ২২। ২৩। ২৪ ২৫। ২৮ থাবানসিং অসিদা লাইগী নক্তগা অফবা থৌরম কৈ।

থুন্নুং মাকমৈদা ৭ । ৫ । ১০ । ২০ । ২১ । ৩০—কৈয়ে।

তখেল মাকমৈদা ২ । ৩ । ৫ । ৭ । ৯০ । ১১ । ১৩ । ১৭ । ২০ ২২ । ২৫ । ২৬ । ২৮ । ২৯—কৈয়ে।

ঙাইরোং নাকমৈদা ২ । ৩ । ৫ । ৭ । ১০ । ১৩ । ১৭ । ১৮ । ২০ ২২ । ২৫ । ২৬—কৈ।

## লাইচৌ লৈবা মাইকৈ

১ । ৬ । ১১ । ১৬ । ২১ । ২৬ থাবানসিং অসিদা নোংপাক্তা লাইচৌ লৈএ।

| | | | | |
|---|---|---|---|---|
| ২ । ৭ । ১২ । ১৭ । ২২ । ২৭ | ,, | ,, | মথাদা | ,, ,, |
| ৩ । ৮ । ১৩ । ১৮ । ২৩ । ২৮ | ,, | ,, | নোংচুপ্তা | ,, ,, |
| ৪ । ৯ । ১৪ । ১৯ । ২৪ । ২৯ | ,, | ,, | অরাংদা | ,, ,, |
| ৫ । ১০ । ১৫ । ২০ । ২৫ । ৩০ | ,, | ,, | লৈথক লৈখাদা | ,, |

লাইচৌ লৈবা মাইকৈদা চৎপা ফত্তে।

## পোৎসিংগী মপোক নুমিৎ

### নোংমাইজিং

কোরৌ নোংমাইজিং নুমিৎতি—খোয়ুম লাইরিংথৌ চীঙগু ভাইবঙ থাইবা খোইয়ুম খোমসিরেল সনখোঙ মপুরেলবা। সেমৌই লংমাই নুমিৎ সিদবনে। কোরৌ নুমিৎ অসিদা, থাংয়িং কৌনচিংবা মন্না মরাং খিবিক পোকএ। অতুনোংগীবু কৌনচিংবা মন্না মরাং খিবিক পীথোকহৈদে।

## নিংথৌকাবা

কোরো নিংথৌকাবা নুমিৎতি - চাওঙু সরারেল খাকপা পুরৈরোম্বা, পুরাংনাকাবা, থংবা নোংনিংখৌ, কোনথৈ অতাম্বা, সরাং অথাপ্পগী, কোবৌ নিংথৌকাবা নুমিৎ সিদবনে। কোরো নুমিৎ অসিদা, খোইদেনোম মৈরা পোনচেংডম্বী, সিংথাচাম্নুকাবী লোকয়াই সি ম্না লসিং পোকএ। অতুনোংগীবু চরৈ ফি পীথোকহৈদে।

## লৈপাকপোকপা

কোরো লৈপাকপোকপা নুমিত্তি--খোযুম লাইযি থৌ চীওঙ পোংলেলহনবা অচিবা· সলাই পুবি য়েকহৌগী মালেম লৈফুরেল অচিববু কেরো সলস নারবী ম্বা বন পাউসনবা, কোরো লৈপাকপোকপা নুমিৎনে। কোবো খুমৎ অসিদা, তেংনৌ য়োৎ পোকখিয়ে। অতু নো গীবু তেৎনো য়োৎ পীথোকহৈদে।

## খুমসকৈসা

কোরো খুমসকৈসা নুমিত্তি-- য়োয়বু খোইমোম লাইরেম্মা মালেম তম্পাক লৈরেলহনবা লেমরেল সিদবীবু সিঙলেল লৈয়াম হুন্না, চেংঙো ফাহাপন, খোইয়ুম লসানবা, তাইবঙ থম্বাই য়োইয়োক্লবা কোরো খুমসকৈসা নুমিৎ ন। কোরো নুমিৎ অসিদা মালেম লৈপাক পাথোকহৈদে।

## সগোলসেল

কোরৌ সগোলসেল নুমিত্তি—চীংঙঙ্ নোংদম্লিবা লাইয়িংথৌ খোইয়ুম পুক্লিং রাচুমম্নুবা লাইবু কোরৌ ললসানবা, রাংবন পাউ-ফানবা কোরৌ সগোলসেন নুমিৎনে। কোরৌ নুমিৎ অসিদা কোরৌ নোংনিক্লাই লীক্লা য়াইরংচালনচিংবা লীক্লাং মসিঙ অয়াম্ববু পোকএ। অহুনোংগীবু কোরৌ অসিদা থাবা লীক্লাং পীহৈদে।

## ইরাই

কোরৌ ইরাই নুমিত্তি—খোইয়ুম লাই নাম্নুংবনা লাইজা ঈদা কুম্নবম্নু, লাইজ ঈরেল চাওকোই লৈগুম্ব', চীঙঙ্ লাইজ ঈখে-রেল থোংনাং লিসিং চাইবা য়াহৌনবা কোরৌ ইরাই নুমিৎনে। কোরৌ নুমিং অসদা মালেম লৈম্না অঙাঙবা, কোরৌ নোংলুমপান অঙৌবা, সগ কোরি পিথ্রাই পুন্নমক পোকএ। অহুনোংগীবু চোইনৌ স্না কোল্লাংচাল, সেলগী সাগৈ পীথোকহৈদে।

## থাংজ

কোরৌ থাংজ নুমিত্তি - য়োম্নবু খোইমোম লাইরেম্মা কজেং নোংথাং লৈমা থাঙলেল হাইকুপ চেনবাবু কৈরোই ললসানবা, রাংবন পাওফানবা কোরৌ থাংজ নুমিৎনে। কোরৌ নুমিৎ অসিদা তাইবঙ থরাই পাল্লিবা পুন্নমকপু সেমএ। অহু নোংগীবু নুমিৎ অসিদা থরাই প্পানবা থিবিকপু পীথোকহৈদে।

## থৈরবা

সজিব্ চৈরাওবা, পানথোইবী ঈরাং থৌনি, য়ুমসারোল. অমদি অনাবগী মীহুললোম্নচিংবা মথঙগী থুংনমদা লানথোকচনবা থৌরাংজরি।

হয়ুম-হয়া সিদবা ॥



অফোংবা :—সনামহি লাইনিংকোন
ইম্ফাল সংলেন
কাকৈথেল খোনাওজম লৈকাই
রে : ন : ৪৩৫৭/৮২
লাইরিক অসিগী হক পুন্নমক
অফোংবগীনি
অহানবা খুৎনম
পোইম্নু ৩০ নি পানবা য়ুমসাকৈসা চহিরোল ৩০৮৩
কোপী ২০০০
মমল—লুপা ৩.০০

## লাইরিক ফংফম

১। সনামহি লাইনিংকোন ইম্ফাল সংলেন, কাকৈথেন
২। কৈনৌ মসা সংলেন
৩। য়াঙ্কু মসা সংলেন
৪। লম্বোইখুল, কৈবী মসা সংলেন

নম্ফম :—
গীতা প্রিন্তর্স, কাওবম লৈকাই